# ব্রাক্ষোং লাতম।


| হিরম | | | লামাই |
|---|---|---|---|
| চীংখৈ | .... | .... | ১ |
| অয়ুক অঙেনবা | .... | .... | ২ |
| স্থমিৎ য়ুংগা | .... | .... | ৩ |
| আহিং | ... | .... | ৫ |
| নিদ্রা | .... | .... | ৭ |
| থোবাম্মিচাক | .... | .... | ১১ |
| দশরথকী মফমদা কৈকয়ী | | .... | ১৩ |
| পাণ্ডমেন মবি | .... | .... | ১৬ |
| মতমগী পাঙ্গল | .... | .... | ২২ |
| লৈ | .... | .... | ২৫ |
| থানিন | .... | .... | ২৯ |
| যমগী চৈথা | .... | .... | ৩৫ |
| পোকনফম লমদম | | .... | ৩৯ |
| প্রকৃতিনা উৎপা | .... | ... | ৪১ |
| ফুংশিং | .... | .... | ৪৬ |
| ফিরম | — | — | ৪৯ |
| প্রধীলানা লঙ্কা কোমুং চংগা | | — | ৫২ |

# শৈরেং অনৌবা।

## চীংখৈ।

অঙাংবা থিনা নৈতেংবী, চিংখৈ কৌবী লাইরেম্বী
কনানা শেম্বনো নহাকশে ?
য়েংউ য়েংউবা মফম্দা, মিংফম হোংবা য়াদেদা,
মিংকী পেম্নফমনি নহাকশে।
নিংথিজবা লাইবক্তা, সংগ্রেং শমজোই ময়াইদা,
ঙাঙানবা সিন্দূর থিল্লিবী !
মোমোন মোমোন নোক্তুনা, পুক্নিং ভূজুং হরাউনা,
নিংথিবা ঈশৈবু শকলিবী !
লৈরাং খুবাম পাইদুনা, কনাগী খুয়া তমদুনা,
থোংনা নৌনা চাইরিবা ?
হস্থনা য়েংবা দিৎয়েংনা, কনা তমনা য়েংহুনা
প্রেম লাইজ তরং হোরিবা ?
তাইবংপান অপুম্বা, অশিবগুম লৈরম্বা,
নিংশিংবা ওমনম ফংহল্লে ;
লাইবু নিংবা মথৈনা, নিংশিংবিদুনা পুক্নিংদা
লাইগী নামবু শোনহল্লে।

---

## অয়ুক অঙনবা।

শজিক থবা মুংথরে, চৌংথৈ কৌবী থুপথরে,
মুমিংকী মঙান ফাওরকলে।
মীচং শংগন নাইদবী, অচৌ অপিক থাইদবী
নিত্রা কৌবীসু হনথরে।
অহিং মতম হৌথরে, তাইবংপানবা য়াঙৌরে,
মাইকৈ খুদিংদা নিল্লকলে!
ওয়া শাংপা লৈরাংনা, মকা ফন্না শাত্তুনা,
নিংথিবা শকফম উংলকলে।
লৈগী লৈনম তাবদা, মরাং হৌরবা পুক্লিংদা,
খোইমুগী মপৈ পাইরক্লে।
পাত্তা হৌবা থম্বান্না, মুমিৎ-মঙান উদুনা,
মোমোন মোমোন নোকলকলে।
থরো কৌবী লৈরাংনা, তাংজ মরাই লুক্কুনা,
কাঙ্গৈনবা মৈথু লাংথরে।
লৈহী পাম্বা খোইমুনা লৈরাং থক্তা তোংহুনা,
লৈহী পেম্না চুপলক্লে।
থম্বান কৌবী লৈরাংনা, থম্মোই মকা ফন্দোক্না,
খোইমুগী আসন থাথরে।
চান্নখোইবা খোইমুনা, লৈকামুংদা চংদুনা,
লৈরিকথক্তা তোংথরে।
খোইমু মপৈশিংদুনা; থম্বান লৈহী চুপ্তুনা,

শৈরেং অনৌবা

থরোগী রাখন কাউখরে।

থরো মতৌ য়েংলগা, লৈরাং লৈশক উরগা,
কোইজাই কোইজাই পাইথোক্লে।
কালনা মতম ফরিঙৈ ফিরাম্না মমাই চুমলিঙৈ
মরূপ মপাংবু য়াম্মিদা।
মতম থীবা লাকলগা, ফিরান মমাই পৈরগা
কনা য়েংবদা উদেদা।
শাগৈ নাতৈ মনুংদা, নচিন ননাও মরক্তা
নংগী হায়বা কনানো?
ভাইবংপানবা অসিদা, মরূপ মপাং মনুংদা
লেংদবা মরূপ কদাইদনো?
থিবা মথৈ থিরগা, থনবা মথৈ থল্লগা
ঈশ্বর নত্তনা লৈতেদা।
কাল মতম নাইদনা পূকনিং অনি লোংদনা
ইবুংঙো মাবু নিংজোদা।

---

নুমিৎ মুংবা।

কোরৌহনবা কারকলে, লম্বী কোংগাই য়োরকলে,
অশাবা মঙান শন্দোকলে,
মতিক অচৌবা উংলকলে,

নিংথিজবা দোলাইবু, নোংদোল খেৎনা থৌরকলে।
মৈশা খাংবদা ষ্মারবী,
অইংবী কৌবী লাইরেম্বী,
উংখোং খুদিং চংলকলে, উগী উক্রম থুপলকলে।
পোম্বী চেকলাশিংহুনা,
উন্না অপুংবা থিদুনা,
উফৈ থক্তা তোংখরে, তুমিন তুমিন লৈখরে।
ষণবী ষগ্নাউ মখৈনা,
শজিক ষ্মাইবা তোকহুনা,
উক্রম থিনা চংনরে, মহৈ মহৈ পোথারে।
নুংঙাই য়াইক্না খিবিকনা,
হুমাই ৎুত্তা পাঙ্গৈহুনা,
মালংবা মতেং লৌনরে, ওন্না থোইনা খাংনরে।
লৌউ শীংউবা মখৈনা,
শূরম্বা থবক লেপতুনা,
অইংবা মকম থিনরে, ঙাইহাক মৈশা খাংনরে।
উমং খুদিং কোঙ্গৈহুনা,
লৈকোন খুদিং চংদুনা,
লৈপুম তিংনা কোঙ্গৈরম্বা, অইংবা নুংশিৎ মাংখরে।
নুমিৎকী মৈশা লাংলবা,
মশা মতোম চাকলবা,
শাউগৎলবা মালংবা, কোঙ্গচেন চেন্না খাংখরে।

অসিগুম্বা মংমদা,
খম্বাল কৌবা লৈরাংদি,
মতূ তুবুম তেক্কেদো, লৈরিক লৈকা খুইদোংদা।
খেকনা খেকনা নোংনা
মাইপোং মকা ফংদুনা,
লাইগী পাউতাক নিংথিবা, তাকপিরিদা মাঙোম্মা।
অশোনবা মাকপিনা,
অনৌবা চমথোকপা,
তাইবংপানবা মপুগা পাথাপনিদি হাঙ্গদুনা।

অহিং।

অঙৌবা থাবম্মা ফিজেৎনরিবী,
থংনাম-মীচাক-চমকী থিল্লিবী,
নিংথিবা লাইবক্তা মনি থেংলিবী,
শংবানবী কনানো পুক্নিং হূরবী!

অহিং-শাংপা লৈরাং মথৌনা,
মাইয়োক থাবম কংচগেদি হাঙ্গইদুনা,
লৈপুম কানা লৈকা ফম্না শাংদুনা,
ভাইজরিদো পুকনিং ভুজুং হরাওমা।

মুংথিন কোরৌ চুপনা রাক্লবী,
কোরৌ হনবগী মৈশা লাংঙবী,
পাত্তা হৌবী থরো কৌবী লৈরাংনা,
লাইজথক্তা নিংথিন্নী থা উন্থুনা।

চান্নবীগী মাইথোং উবদা,
মুংশি ঈরাং হৌরবা পুকনিংদা,
পুকচেন ঝাবা শুমদ্রবা শানিন্না,
শান্নরিদো লাইজমুংদা কুমদুনা।

পাওজেনবনা মশিনশাং
শিঙ্গারৈ নাকোংদা,
নিংথিবগী লৈরাংদো,
মশাগী লৈতেং নিংথিবা,

থেংনরুরে মালংবা
তমলুরেদো অপুম্বা,
তাংজা মরাঙ্গী লুকলেদো,
লৌথোক লৌথোক থাদরে।

মপুথৌদা ইল্লিবী,
অরাপোংথা নাইদবী,
অপিক অচৌ নাইদনা,
তাইবংপানবা জীববু,

কাল মতম শোঙ্গদবী,
নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী,
য়ুম্মুম তিংনা চংলক্লে,
মথামুংদা কোনবিরে।

থেংতা থেংথরকলগা,
মালংবনা হুম্বদা,

লাইজা তরং চৌরবী,
হিকনা হৈনা কপল্লিবী,

থৌওং থৌওং খুদিংদা, ভক্তিগী নারৈ উংলিবী,
কনারোনে নহাকপু, তাকপিয়ুদা শকহেনবী।

অহিং কৌবী লাইরেম্বী, খংজরেদো ঐহাকনা,
লাইগী মতিক অচৌবা, উংপিরেদো নহাকনা,
খুবাং তরা লোম্নবা, খুকউ খুদক লৈতানা,
পীনবিয়্ম নিজরি, নিংশিংজবা পুকনিংনা।

---

## নিদ্রা।

অহিংগদি লোঈনবী, নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী,
অঙকপনিদা নহাকশে!
ভাইবংপানবা অপুম্বা, অশিবা পাংখক ওইহনবা,
চাউখরেদা নগুণশে!
পোম্বী চেক্লামখৈন। কোঈপাই কোঈপাই পাইহুনা,
মচাক তারম্বা তোকখরে;
উনা অপুংবা থিদুনা, উফৈ থক্তা তোংহুনা,
নিংশিংবা লৈতনা পোংথারে।
ষনবী ষপ্নাউ মথৈনা ষণগোন ষণগোন চংহুনা,
মুংঙাই মুংঙাইনা কুনখরে।
খোইমু মপৈ খিবিকনা, লৈহী চুপ্পা তোক্তুনা,

ভুমিন ভুমিন্না লৈখরে।

শান্নবত্তা পামলবা, মরুথীংবা অঙাংশিং,

উতৃপ তাবগুম তাখরে।

মচা নিংবী তপোকপী, মচা কোন্না ভুমখরে,

মচাগী রাখন কাউখরে।

মহে তম্বদা ঈল্লিবা, অরা পোথা নাইদবা,

অঙাং লাইরিক থাদোকলে;

খনবা রাখন তোক্লনা মতম হৌথি খংদনা,

নিদ্রাং ভুম্পাক ভাখরে।

বাঁশী খোঞ্জেন তাদরে,

ঈশৈ লাউবা সেপখরে,

চারা খোঞ্জেন মুংখরে,

ভুমিন ভুমিন লৈখরে।

খুল্লক লৈরক চিকখরে,

কেথেন দোকান তাকখরে,

নিন খোলেন্থা হোকখরে,

অহিং ইচিক হুনখরে।

লাইরা পঙ্গোম লোমদ্রনা,

অরা পোথা নাইদনা,

মোমলমজিবা মুপাদো,

নিংঙাইবা লৈতনা পোথারে।

ফিজীগী লম্নি থমজবা,
সুংশিবা মচা শিরবা,
থম্মোই কাইরবী মুজাদো,
অল্লাবা মৈচাক মুংখরে।

শৌনা লুখা ওইরবী,
কাঙ্গনবা মৈখু লাংলবী,
থম্মোই লকা কংলবী,
কাঙ্গনবা মৈখু কোকথরে।

ওন্থোকইদা ইবেম্মা,
চাউইদকো নগুণশে,
ভূমহনবতা নত্তনা,
অঙকপা মংসু মংহল্লি।

লাইরশংগী মুপাবু,
নিংথৌ খুভম ফংহল্লি,
শঙ্গাইনুংগী নিংথৌবু,
চাকনিবা নিপা ওইহল্লি।

মুমন্দা লৈবা নিপাবু,
লংকৈ থোকনা চৎহল্লি
লংকৈদা লৈবা নুপাবু,
মমম নাক্তা য়োৎহল্লি।

লাইরচুঙ্ৎনবন্দা,
মরল মথুম ফংহল্লি,
ইনাক বৈরাক খুনববু,
লাইরচাকনি ওনহল্লি।

মচা পোক্তবী নুপীবু,
নিংথিবা মচা ফংহল্লি,
মচা পোকপী নুপাবু,
পোক্তবশীংদা চনহল্লি।

নংনা উৎপা খুদম্,
মংন্দা থোকপা খৌদোকপু,
খল্লবা রাথমা,
লেপলুরেদা পুকনিংদা ;

ভাটবংপানবা অসিদো,
মতম ভাইহাক পানবনি,

মংদা ওইবা নাওংশুম,
কোঙোন তাকপশুম তাক্লনি।

———

## থওয়াগী মিচাক।

অমুয়াদা থোকপা থরানমিচাক,
কনানো নথোইবু ? অহিংদদা মথোকই।
চিকনা ইংবা নওাম্না পুকনিং হুই,
কুবের লনগৈগী মণিরা নথোইবু !

নত্রে হাঙ্গৈরগা, শংবানবী অহিংগী
শমজিদা থেংপা লৈরাংনি হাঙ্গৈরা ?
নংত্রগা নোংদোন লাইরৈবাক মথক্তা
অহিংদা থানবা থাউমৈনি হাঙ্গৈরা ?

মথক অসিদা নোংগা চান্নথোইবা
অতৌবা সনাগী রাহোং অমা লৈবরা ?
অমম্বা অহিংবু নোংনি নিংহ্না,
কন্নোক্লকপা মমৈগী মমিং ময়াম অদুম্না ?

অতুপা স্বর্গ লাইরপী খিবিকনা

থোইনা পামনা লুনা তৌনবা,
স্বর্গ নন্দন লৈকোন্দা শাংলবা,
পারিজাৎ কৌবা লৈরাং অদুরা ?
অদু নত্তে হাঙ্গৈরগা, মথক অসিদা
অচৌবা পুথ্রী অমা লৈবরা ?
লুমিংনঃ তাখ্‌্গা শাত্তোকপা,
পুথ্রী অত্নদা শাংপা থবোরা ?

অত্তুগা ধর্ম্মচেনবী থরাইরা ?
তৌজমন্না লাইরৈবাক্তা লৈতুনা,
অমম্বা অহিংদা অতিয়াদা থোক্ত্‌না,
ধর্ম্মগী অচৌবা মগুণবু উংপরা ?

ম্লাখন থনবা অশ্নিংবা কয়ানা,
গ্রহ উপগ্রহনিসু লেপনরি,
অত্তোপ অতোপ্পা নমিংস্থ থোন্নরি,
থাগী চান্নথোইবীনিস্থ হাঙ্গৈনরি।

হাইরিবা মরম খিবিকস্থ থিনিংদে,
অথং অশ্নিংবা শিংদস্থ হংনিংদে,
ম্লামনা থংবা শাবস্থ উংনিংদে,
ঐগী থোকপা অমা হাঙ্গৈনিংঙি।

পাকচাউরবা অত্তিয়া কোর্ব্বাক্তা,
কনাগী অচৌবা মতিক উত্ত্না,
নিংথিনা ইবা মূক্তাগী ময়েকনি।
হাঙ্গৈজগেদি হাঙ্গৈনা নিংঙ্তি ঐহাকনা।

নোকপনা অশাৎপা লৈনি উংলিবা,
ইংবনা পুর্ণিমাগী থানি তাকলিবা,
সুমিৎনা মঙানি হাঙ্গৈনা থংহনবা,
ইবুঙো মাগী মগুণবু ইবনি।

---

## দশরথকী মফমদা কেকয়ী।

মন্থরাগী মপাউখোন অসিবু, অচুম্বয়া
রঘুরাজ ? অতোনবা জাংতা পোক্লবী মাহাক্তি।
মাগী মন্নাবু করম্না অচুম্বনি লৌশিবা।
তাকপিয়ুদা ইবুংঙো! ঙসি কোরৌ সুমিত্তা,
অপান অপিন মখৈনা, কম্রি অম্মুক হরাওরি!
লম্বী শোরোক মথক্তা করিগী লৈ চাইরিবা!
থোংজিন খোঙ্গান খুদিংদা লৈ পরেং য়াম্লিবা
ফুম্না দোলান মতোন্দা অহম্না ফিরাম্না
কম্রিগী পাইরিবা ? খোংমী লান্মী অপুম্বা,

শগোন শামুনা চিংছুনা লানগী শমপোৎনা
লৈঙেংবা। নিংথিবা যন্ত্রমথৈ করিগীসু
খোংলিবা। কোম্মুং মন্নুংগী দুপী নছামথৈনা
জয় জোগার তোইরাউ তোইরাউ লাউরিবা।
জগোই শাবী মথৈনা করিগী জগোই শারিবা।
ইশৈ শকপা কাংবুনা করিগী ইশৈ শক্লিবা।
তাকপিয়ুদা ইবুঙো। খংজনিংবী ননাইদা।
রঘু শাগৈগী নিংথৌনা ওসি করি ব্রত কৎলিবা।
কনাগী য়াইক মুঙাইনবা মরমদা,
কৌশল্যা কৌবী ইচেমনা সনাথুজোক য়েল্লিবা।
লাইথোং লাইথোং থুদিংদা ধূপ থাংমৈ কৎলুনা
পুরোহিতনা করিগী বেদ মন্ত্র থীরিবা।
সনাকোম্মুং তমদুনা অয়াম্বা প্রজা মথৈনা
অতৎ অথম লৈতনা মরী মরী কারকপা।
লানকম অমা ওম্বগী হয়াউ কুম্মৈ তৌবরা?
হংগে হায়না হংবনি লোইনা খংজে ননাইস্থ।
ইবুঙোনা নিংথৌনি, তোল্লবীনা ননাইনি;
ইমান ইমাম্বা থোক্লগদি ইচিন পেম্মা
হাঙ্গনিংঙি রঘুবংশ নিংথৌদি য়াশক কাঙ্গবা
কিহৌদে। কেকয়ীদি ননাইনা পংঙাং ঙাংবা
থোক্লগা, সনাথুংশু পাঙ্গহুনা ননাইগী ইঙক
কক্ষপিয়ু। ননাইনা হাঙ্গজবা সনাবুদ্ধি তৌবিয়ু;

মীগী মীনোব অথীবা করম তাগে খনবিবা।
পুকচেনচাউবা, সত্যলৈবা, ইন্দ্রিখুত্থমচন্নবা,
ধর্ম্মচেনবা নিংথৌনি থাগৎনরি লৈবাকনা।
করম্বা সনাবুদ্ধি খন্দুনা সত্য রাশক
কাঙ্গদুনা, রামবু যুবরাজ হাংপকে তৌবিবা।
মমাংঙৈগী রাশকপু নিংশিংবিয়ু মহারাজ।
ইচান্নপা ভরতনা মরম কৈদা রাংপগে?
কৌশল্যাগী মচানা মফমকৈদা হেনবগে?
শক্তোকখ্রবা রাশকপু করিগীদমক ঙাক্তবা।
কেকয়ীদি ননাইনা করি ইন্নান সংজবা।
ভরত কৌবা ইচানা করি দোষ তৌথিবা।
ইচিন ইন্নাও অহুম্মক ইবুংঙো নংগী ননাইনি;
কৌশল্যাদি ইচেমনা করি সেবা হেনখিবা?
তোল্লবী ননাইনা সেবা কয়ামুক রাংলবা?
অরেম্বনি, ননাইনা হাঙ্গজরুবা অপুম্বা,
ইবুঙো নংগী ননিংবু থিংগদবা কনানো?
নোংশাগী লম্বী লমহুইনা থিংবা মতিকলা।
সনা পুক্লিং থুংনবা রামবু যুবরাজ হাপ্লীয়ু।
চৎচরনি ননাইদি সনা কোন্নুং থাহুনা,
দেশ খুদিং কোঙ্গহুনা চেঙ্গরুগে ঐহাকনা
ধর্ম্ম লৈতে রঘুবংশ নিংথৌ হাঙ্গদুনা।
চোংঙা তেনন্না য়োকহুনা তম্বিগনি রাহৈসি,

চিনফা পুবা ঙমলগা থাদোক্কনি মথোইবু,
কোঙ্গীনা কোঙ্গীনা পাইদুনা লোনহনগনি রাইহেসি।
পামেল উরাং খুদিংদা ইরুগনি ময়েকসি।
নূংপাক নূংপাক খুদিংদা খোংলুগনি রাইহেসি।
খুনগং খুনগং খুদিংগী ষণশেন্নহামখৈদা,
তম্বীদুনা রাইহেসি শকহনগনি ইশৈ ওই।
ধর্ম্ম লৈতে রঘুবংশ নিংথৌ হাঙ্গীদুনা।
ধর্ম্মগী পন্দোনবু য়েংনশিদো ইবুঙো!
কৌশল্যা কৌবী ইচেমনা সনা থৌগন ভৌদুনা,
নজা ইবুঙো রামনা যুবরাজ ওইদুনা,
য়েকনা তিংখং লৈতনা পানবিহৌরো মহারাজ।

---

## পাওমেন মরি।

মথোং কারকপা পাখংও!
কেবনা নশিন ওইদুনা,
শেংপনা নথৌ শাদুনা,
নুঙাইবা রাখন মাংওইনা,
অরাবা রাখন ভুংওইনা,
অরেম্বদা লেনলিবা!
লেপক্কম লৈতবা তাইবংনি,

মতম কুইঙ্গবা মীপোকনি ;
অমং য়াইথোং কূমগনি,
অশি থোংজিন চংগনি,
কাওরবোইদ্রো নহাক্কে।
নশক্কী নাপন তৌদুনা,
নতৌ নওং উত্তুনা,
মতম হৌখরে থংদনা,
তুংগী পোথি য়েংদনা,
করি হায়না লেল্লিবা ?
চহিগী মতাং লাক্লগা,
ফজবা নশক মাংলগা,
নপাঙ্গল ময়েং তারগা,
নশানা অহল ওইরগা,
নিংওম্মকওই নতোম্মক।
নশানা নহা ওইরিঙৈ,
নপাম্বোম পাঙ্গন কল্লিঙৈ,
হকচাংগী ঈনা শারিঙৈ,
থোপনা মহি লাংলিঙৈ,
নোমগদবা নোমহৌও।
মুপা থোদাং য়েংদুনা,
পাঙ্গন থেকনা নোমদুনা,
লানওম ফিরান থেত্তুনা,

লেংজবা লনবু তান্দুনা,
লিংথিবা মিংচৎ থমহৌও।

মথোং কারকপী মুরাও।
শকয়েং মাংদা থাহুনা,
শময়া খুত্তা পাইহুনা,
শমলাং নাম্না হাত্তুনা,
শাইনোন ভোঙ্গনা নান্দুনা,
কেবনা নশিন ওইরিবী।
ফজরবা নশক্তো,
লিংথিরবা নওংদো,
কুইনা লৈরোই খঙ্গনা,
মাংগদবনি নিংদনা,
লিংঙাইদনা লৈথোকই।
থম্বাল কৌবী লৈরাংনা,
কোরৌহনবা উহুনা,
ফুগাঙ্গননা শাত্তুনা,
মোমোন মোমোন নোকপদো,
কয়াগী মতিক ফজবা।
ফজবা মশক উবদা,
মুংশিবা মনম ভাবদা,
কনাগী মিৎনা পেন্দ্ববা।

কনাগী পুকনিং হুদবা।
হাঈয় তাসি নূরাও।
নিংথিল্লবী লৈরাংদো,
মতম কুইনা শাত্তেদো,
নিনি ফানা লেম্বেদো,
ফজরবা মশক্তো,
য়ামনা থুনা মাংখিদো,
লৈনা লৈমন চল্লগা,
নিংথিবা শকফম মাংলগা,
কনানা হন্না য়েংবগে?
কনানা মাবু খনবগে?
খম্ভুনা য়েংউ মুরাও।
খুদম অসি য়েংহুনা,
রাখন মুন্না তৌহুনা,
পুকনিং অনি হোংদনা,
অচেৎপা পুকচেন লেপ্তুনা,
অফবা লম্বী য়েংহৌও।

ইনাকখুনবা মুপাও!
নরম্না লনকৈ থল্লবা,
নফৌনা নকোৎ চোল্লবা,
নযগ্না যঙ্গোন ফারবা,
কল্লিগী পেনবা নাইদবা।

ইকাই ইকি নাইদনা,
অচোপ অরেম থিদনা,
অরান অহুই য়েংদনা,
পাপ পূণ্য খাঙ্গদনা,
শেঙ্গা লাইনিং ওইরিবা।
হুকচাংনা মরূ কেমলগা,
পাঙ্গল্লা ময়েং তারগা,
পুনশিনা মতোন লোমলগা,
য়াইবি থল্লাই মাংলগা,
পুবা য়াগনি নিংবরা ?
মীওইনা পোকপা মপোক্তা,
ফাংওবা লক্ষ্মী নরক্তা,
অচুম্বা লম্বেন খিবদা,
কান্নবা থবক খনবদা,
য়ামনা ব্লাথন চংবনি।
তাঞ্জবা নরন অদুনা,
অফবা লমদা শাভন্না,
নিংথিবা মিংচৎ থমদুনা,
অফবা মিংথোন ভান্দুনা,
অমর খুবম তানহৌও।

হে অহন শিগৈচন !

খনগঙবদি খন্দন',
তানগদবদি তানদনা,
অরেম্বা য়াথন তৌহনা,
ঐগী নীগী হাঙহনা,
করিগী অদূক ঙাওরিবা ?
নংগী হাঙবনা করিনো ?
লেংদবা নরন কদাইদনো ?
নচা হাঙবনা কনানো ?
চান্নবা মরুপ কদাইনো ?
মুন্না খন্দুনা য়েংহৌও।
মাংগী লম্বী তেনশিল্লে,
তুংগী লম্বী শাংহৌরে,
চহি মতাং য়ামশিল্লে,
পুনশি কোঙাই হৌখরে,
করিগীসু খন্দ্রিবা ?
নচাগীদমক হাইহনা,
চাবা থকপা কাউহনা,
ভুম্বা হিপপা নিংদনা,
নুমিৎচুপপা খন্দুনা,
অয়েম্বদা য়ারিবা,
পুরকপা চেংজেন লোইহনা,
তাইবং চিঙ্গাক থাদুনা,

শীগুম লম্বী চৎপদা,
খনুং লৈবাক চংবদা,
নচানা নভূং ইনবিরোই।
হকচাং মরু খিংলিঙৈ,
পাঙ্গন মপান ফল্লিঙৈ,
অরা-অনা নাইড্রিঙৈ,
অকি-অখং খংড্রিঙৈ,
হোৎনবিগনি নচাগী।
অমুবা নশম ঙৌরবা,
অঙৌবা নয়া কেল্লবা,
চৎপদা চৈশু পাঙ্গরবা,
মীঙোন্দা খুরৌ চেল্লবা,
অদু য়ৌরবা নহাকনি।
অরেম্বা রাখন থাদুনা,
শুইজবা লম্বী থিদুনা
লেংদবা লনবু তান্দুনা,
হুয়েংমুক্কী থন্দুনা,
অচেৎপা খুবম থিহৌও।

———

মতমগী পাঙ্গল।

তুমিদাংরাইরমগী মতমদা,

চুমিংনা চিংয়া থাংবদা,
চীংদোম্বা নঙান থেংপদা,
তময়াদা কোরী চেনবদা,
মণিপুর য়েংবা ফজেদা।

নোংমগী কোরৌ চুমিত্তা,
হাঙৈরিবা মতম অসিদা,
চীংঙা চীংগী চীংদোম্বা,
কাথংলম্মী ইতোমদা,
ইমাগী চেংলৌ য়েংজবা।

নোংচুপ পাংনা য়েংবদা,
নম্বুল তুরেন খোংনুংদা,
ঈশিং লিরি চেনবদা,
খোকপা মখোন তাবদা,
নুংওনবা অমা পোকউরে।

তুরেন ইবেম্মা নুংশিদা,
নংদি নমা নিংঙিদা,
*কুন্তিনা কপ্পা মতমদা,
নংসু য়াওনা কপপদা,
হৌজিক ফাওবা তোক্কবা।

*হাঙনবা লৈঃ— বক্রুবাহনগী মথুত্তা অর্জ্জুননা তাকয়েন্দা তুরবদা কুন্তীনা তেংথানাওইথি।

মখাপাংনা য়েংবদা,
লাংথবাল কোন্নুং উবদা,
গম্ভীরসিংহ নিংথৌদা,
†নরনা ভাংবা স্নাভাংদা,
তাথিবা পিবু নিংশিংঙি।

নোংপোকপাংনা য়েংবদা,
নোংমাইজিংবু উবদা,
গৌরধর্ম্ম মমাংদা,
শিব নিংবা মতমদা,
থনম্বা থুদম নিংশিংঙি। ‡

অরাংপাংনা য়েংবদা,
কোন্নুং অমনবা উবদা,
চীথংখোম্বা হাক্তক্তা,
চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদা,
তৌরম্বা থবক নিংশিংঙি।

মাইকৈ য়েংবা লোইবদা,
নুমিৎ থোংলবা মতমদা,

‡ নরনা—নরসিংহ।

গৌরধর্ম্মগী মমাংদা থৈতৈত অদি শিব নিংলম্মী হায়রৈ। নোংমাইজীংদা শিবগী তচৌবা থুবম লৈ।

লোইরোই লোইরোই কুম্বদা,
বুদ্ধি অমা লাকপদা,
মাখন অসিমা থম্মরে;

মতমগী ঈচেন লাকপদা,
ঈরৈনা কপা চেনবদা,
অচৌ অশাং মমাংদা,
থাংবা ওমদে অমতা,
নিংশিংবতদি লৈকৌই।

---

লৈ।

মালেম লৈকোই পুংসিদা,
লাইনা শেম্বা থুংশেমদা,
নিংথিবগী মরক্তা,

তোমথিন ঙানবা লৈরাংও!

কজবা কৈদা পান্থনা,
নিংথিবা কৈদা থান্থনা,
থাগৎসিবা নহাকপু,

নীংথাজিবা মতৌয়ু,
আপা কংদে য়াথয়া।

মণিগা পাগে থনবদা,
য়ানিংঙৈবা থন্নাইবা,
নংনা হেল্লি থন্দুনা,
লৈপাক মৈথুং চংহনা,
লোৎপনিদো মণিনা।

নিংথিনা পরেং লেংহনা,
ফজনা নাচোম শেমহনা,
শিনরিদো ওকথমদা,
থেৎনরিদো শমজিদা,
নিংথিরবী মুজানা।

সনানা নওং আদুনা,
মণিনা লৈরক হুক্তুনা,
হীরানা মৈয়োন ওইদুনা,
চিন্নরিদো নিংথিনা,
ফজরবী মুয়ানা।

লাইরিক লাইরিক খুদিংদা,

বেদ পুরাণ মথৈন্দা,
পূজা পোংচং লেংবদা,
থাদোক্লমদে নংবুদি,
মুনি ঋষি মথৈনা।

চন্দন মল্লিক থিক্তুনা,
নিংথিনা নওং শেনহুনা,
লাইবু নিংবা শিংহুনা,
থবাই য়াওনা কংনরি,
লাইনী থুয়া তমহুনা।

নিংথিবা নওং শাহুনা.
ফজবা নশক উত্তুনা,
নুংশিবা মনম হাপ্তুনা,
নংবু শেম্বা মপুনা,
তাইবংপান্দা লেমরি।

অহুমনদি ওইরবদা,
কল্লকইদা থবাইদা,
থুনা কেম্বা নশাগী,
পুন্সি তেনবা নহাক্কী,
থাবদা ঐহাক্না।

ওদেক ঙরেক থাংলবা,
থুনা লৈমন চনথিবা,
নত্তো অসি উবদা,
অসুম অসুম থনবদা,
লেপলুয়েদা পুকনিংনা।

তাইবং পানবা অসিদো,
অয়েঙ্গা মরুম থংদেদো,
লোংদবা কীবম নাইদেদো,
শিঙ্গবা উপান হৌদেদো,
তাকপিরিদো নহাকনা।

মঙ্গবগী শরুকমসু,
অকনবগী পাঙ্গনস,
অচৌবগী সম্পাগসু,
ইনাকখুনবগী নাপনসু,
মাংগদবনি খোইজনা

থোংনা শাংপী নহাকুম,
নিংথিজবী লোংথাংঙুম,
মাংকম মরুম থংদনা,
খোংখ্রন লীকম লৈতনা,

মুংকেরবনি থিঙ্গনা।

অঙকপগী খোকনফম,
শুমহুৎপগী পোকনফম,
ভাইবংপানবা অসিদা,
য়ায়া মশক থংবদা,
য়ামনা নুইদা লৈরাংও!

ভাইহাক ভাইহাকী খঙ্গুনা,
মুংভাইবদা মুপ্ত না,
ভইদববু মাংওইনা,
অওইববু তুংঙইনা,
লেম্নরিদা তাইবানা!

---

থানিন।

হে থা! করি পোৎনো নহাবশে?
অশংবা অতিয়া মথক্তা,
অচোইবা লিকলাই মরক্তা,
তোমথিন ওানবা মশিরা?

নশকনা তেংবানবা শুক্লথনি,

নঙাক্না অমম্বা খোকহল্লি,
নিংথিবা নত্তৌ উবদা,
ভাইবংপানবা ঈংনরি।

য়েহ্লৌঙৈগী মতমদা,
লাইগী মশীং চল্লম্মী,
ঙসি ওরাং অসিদা,
গ্রহনি হায়না লেপনরি।

লাইনি হায়গে হায়সন্নু,
গ্রহনি লৌগে লৌসন্নু,
অহুক য়াম্না কুপথনা,
খিজনিংদে থল্লাইনা।

তারক-তারকপা মতমগী,
থোকউ থোকউবা অহিংগী
নিংথিবা কিবম অহুতা
থাজনিংই ঐহাক্না।

ওলাংথাগী অহিংদা,
থানা নিম্না থোকপদা,
ভাইবংপানবা জীবদা,

অমৃতনু থিকপীদো।

কাদেন মুংশা লাংবনা,
ওমা থোইনা থাংহ্নবা,
মৈরমলবা জীবদা,
পাঙল নৌনা হাপপিদো।

মৈহেকোন মৈকোন খুজিংগী,
উমুং-রাম্বং মথৈগী,
মৈয়াং মৈরাং অপুন্বা,
ইভেক ইভেক ভেকথংলি।

নোংজুপাগী মতমদা,
নোংখোং শেংবা অহিংদা,
থানা নিঙ্গা থোকপদা,
নিংথিবা প্রমাণ লৈত্তেদা।

নোংনা হাইরপ থিকপদা,
উনানা লাংকপ চোংপদা,
থাবন মথেক থেংপদো,
শুগুন অরেং নিংশিংজে।

অশংবা তিংথৌ মতোম্বা,
ঈশিং ঈরিক পকপদা,
থাবনগী ঈরি চেনবদি,
করিনি হায়না লৌশিগে।

কনাগুম্বা মুপানা,
হীরা মুক্তা মকুপনা;
অশংবা তিংথৌ মরক্তা,
চাইথোকপরা খল্লিদা।

পাকলবা ইপাক থক্তুদা
মুংশিংনা লিরি হুম্বদা,
ঈথকনা তনিক হোৌবদা,
থানা চোংছুনা শাম্নবা,

ফজবা কৈদা পাগনি,
নিংথিবা কৈদা থাগনি,
হাঈকম থোক্তে রাহৈনা।
ঈকম লৈতে কলমনা।

ঈশিং ঈপাক মথক্তা,
থাম্নিকথানা শাংপদা,

পশোং কিবুম মমক্তা,
মণি অশংবা তাপুন্দী।

থক্নো অঙৌবা লৈরিক্তা,
খোইমুনা লৈহী চুপপাদি,
মুরা মাইখোং থম্বালগী,
শমক্রু তোমখিন মাম্লিদা!

শরৎ কৌবা ঋতুদা,
তরু তরুবা অতিয়াদা,
থানা নিম্না খোকপদা,
কয়াদগী নিংথিবা!

থাবম্না কবোক পোকপদা,
মুংশিংনা লিরি হম্বদা,
লৈনা জৌনা শাংপদা,
কনাগী পুকনিং ওনদবা।

বসন্তগী মতমদা,
পুর্ণিমাগী অহিংদা,
মহৌশা কিবম উবদা,
মুংওনদবা কনানো?

অনৌবা উনা চাক্লুনা,

হৈনৌ মপাল চুপ্পুনা,
ময়াইকাবা কোকিলনা,
কুহু কুহু খোংলকপা;

কোঙ্গপাই কোঙ্গপাই পাইহুনা,
লৈহী পেম্মা থক্কুনা,
খোইমুনা ঙংবা তাবঙ্গা,
কনাগী পুকনিং নৌদবা ?

মতম মতম খুদিংদা,
নংগী নশক উবদা,
তাইবংপানবা অসিদা,
মুংঙাইত্তবা কনানো ?

কাঙ্গনবা ঈপাক্তা তাউদুনা,
থাইনবা ঈরৈনা চেন্দুনা,
য়াথঙ্গা থম্মোই থুমহুনা,
মতম লেনবা মীদনা,

নংগী নশক উবদা,
অইংবা নঙান লাংবদা,
তানা থিনবগুম থম্মোইদা,
হুচেনবা নশকনি খনগনি।

মাসি হাঙ্গক্কই হাইদুনা,

নগুণ করি মাংগনি,
সুধাকর কৌবা নমিংবু,
কনানা মুৎপা ঙমগনি।

---

## যমগী চৈথা।

হে যম!
পুকচেন ফত্তবা নহাকনি,
হাৎপদনা নশিন্নি।
অককপা মতম থমদনা,
য়াখন বিচার লিংদনা,
নিংলক-নিংলকপা মত্তমদা,
জীববু হেক্তা মহাৎপা!

শিহনগন্নু হাইদেনা,
পুনশি মতোন লোমহনা,
মতমচানা শিবদা,
কনানা নংবু ঙাংনবঃ!
পুনশিবা অহনশিংদুনা
শিরগা ফরে থম্লেনা।

কদাই লংঙে তম্বীবা!

কন্নিগী অসুক ফত্তবা ?
অনৌ অনৌবা অঙাংবু,
ঊনথংলকপা পাথংবু,
মথং মতম ওইদনা,
কন্নিগী দমক শিংনবা ?

নংনা শীনবা থুজিল্লা,
তাইবংপানবা পুম্বনা,
কয়াগী মতিক ল্লাদুনা,
অহিং সুংথিল নাইদনা,
মমিত্তা মাপি কংদনা,
ওল্লা থোইনা থাংনন্নি।

অহন ওইবী মমাগী,
হুন্নুরবা মপাগী,
মথল্লাইনি থমজবা,
অমতা পোকপা মচাবু,
কন্নিগীস্থ হুদুনা,
অসুক য়াম্বনা ল্লাহনবা।

মুম্ন অমগী মবেম্মা,
চাম্মা থমজবা সুপালা,
মথোং কায়কপী ভুপীবু,

মপুরোইবগী থম্মোইদা,
কাঙ্গনবা মৈচাক পীদুনা,
ইলাঙ্গ লাঙ্গনা পুখোকপা!

নৌনা মথোং কায়কপী,
ভনৌ ভনৌবা উরিনা,
পামেন উরাংদা য়েৎচবা,
পামেন উজাও কক্তুনা,
নানা শেংনা থাইদুনা,
ওয়া থোইনা থাংহনবা!

অপোকপীদি মমাগী,
থরাইগীনা লন্নিদি,
তম্পাকীনা থানিদি,
চেৎনা লুনা থমজবা,
ভনৌ ভনৌবা মচাবু,
মথানুংদগী শংলিবা!

মচাগী মৈচাকনা চাকলবী,
অরাবা পম্বোন লোমলবী,
অপোকপীদি মমানা,
অহিং সুংখিন নাইদনা,
তেংথা নাওই কপ্পবু,

করম ভাম্বনা লৈরিবা ?

কাইনবা মৈশা লাংলবী,
কম্ননা নপুম থিংলবী !
কপ্পনা করি ফংগনি !
ঝাহ্না করি ভোগনি ?
নচা হুবা মুপাদো,
লাকপা ওমদে জগৎনা।

তাইবংপানবা অসিদা,
চাউরা চাউরবা নিংথৌশু,
অকন অকনবা মুপাশু,
অথৌ অথৌবা লান্মীশু,
মাগী মমিং তাবদা,
মিপাইহনা নিকনৈদো।

মালেম লৈকোই পূংসিদা,
কোক্কগী তোন থাওবদা,
মুংঙাই য়াইফা মরক্তা,
লাইরা য়াইথী মনুংদা,
যমগী চৈথা কংদনা,
মুংঙাইনা লেনবা কনানো ?

## পোকনফম লমদম।

নিংথিরবী সুজাগী,
ওক্তা শিবা লৈতেংগী,
সনা লিকফাং ময়ক্তা,
অমত্তা থানবা মণিগুম,
নিংথিবা মফম লৈরিদা,
মালেম লৈকোই সুংশিদা।

প্রকৃতিগী শাম্নফম,
ফজবগী হৌনফম,
নিংথিবগী ভুংনফম,
মুংঙাইবগী পোকনফম,
হাঙৈরিবা মফম অসিদো,
অনিগুদে মালেমদা।

মীরৈবাক্তি অচৌবা,
ফজবনা তিল্লবা,
ফুরা দোলাম্না লৈতেংবা,
সনা রূপা য়াত্তবা,
নিংথিবা দেশতা লৈহুনা,
কাউবা য়াঙবা মফমনি।

অচৌবা নিংথৌ কনালা,

য়েংশিল্লক্ক্ন্ না মাঙোন্দা,
লানতারকপা মতমদা,
মাবু ঙাকে নিংদনা,
ইরাঙ্গী লাঙ্গৈনা থাদোকপা,
অয়ম্বা কনা লৈরোইদা।

য়ুমগী রাখল কুংওইনা,
মাগীদমক্তা হাঙ্গৈদুনা,
লানফম ময়াই খোক্ক্ন্ না,
য়েকনবা মাইয়োক থাদুনা,
লান্দা থগ্রাই থাবদা,
চিংনবা করি লৈনদে।

মালেমদা অনিশুদবা,
অমতা ঙাঙ্গৈবা মফমনি;
মাগী মগুণ অচৌবা,
থাত্নুনা ঙক্‌মোই কনানা,
স্বর্গদগী হেনবীনি,
হাঙ্গৈনরিবনি ময়ামনা।

থাগৎমল্লি হাঙ্গৈরগা,
করম্বা মফমনো থিরগা,
হুংঙু হুংঙুবা খুজিংদা,

তাকঃরকনি থুদক্তা,
মীস্তুইবগী নিংনকম,
পোকনফম লমদম হাঙ্গইহুনা।

---

## প্রক্রিতিনা উৎপা।

ওলাংথাগী মতমদা,
থেংলকলবা অহিংদা,
হিপপা ওমদ্রহুনা ফমুংদা,
চথেৌকলম্মী মপান্দা,
হকচিং লাংগে নিংদুনা।

শাউগংলম্বা হকচাংদা,
সুংশিংনা লিম্নি য়ৈবদা,
মহৌশা মশক উবদা,
ওলাংওম্বা কোকথরে,
হকচাং ইইং ইংথরে।

জীবপানবা ভুমথরে,
নিনথোংলগা তোকথরে,
ভুমিন ভুমিন য়েথরে,
অশিবা পাংথক ওইথরে,
অহিং টচিক হনথরে

শৈরেং অনৌবা।

মাইকৈ খুদিং য়েংহুনা,
প্রকৃতি মরম খঙ্হুনা,
খোংথাং তপনা থাংদুনা,
অসুম অসুম থনবদা
রাথন হৌমা থুংলরে।

মুংশিংনা লিরি হুমবদা,
উনানা তনিক লেংবদা,
প্রকৃতি কৌবী দেবীনা,
নিংথিবা হুমাই পাইহুনা,
হুম্বনিঙ্গি থল্লরে।

থানা নিমা থোকপদা,
থাবল্লা কবোক পোকপদা,
লৈরাং ময়াম শাংপদি,
ময়াথা খৌগী লাইরেম্বী,
মোমোন নোকপনি নিংলুরে

শংবানবা অতিয়াদা,
থৌরানমিচাক মথৈনা,
তপ্লুপ তরেং থোকপদো,
খেমজি রেশম মথক্তা,
লিকলাই তাবনি থল্লরে।

লাপন উপন মখৈগী,
উরী মারী খুঙ্গিংগী,
অশংবা উনা মরক্তা,
তম্মন পরেং পাইবঙ্গি,
মণিমুক্তা পানগুমই।

প্রকৃতি মতৌ য়েংহনা,
থয়া থয়া লাকপনা,
ভুরেল মপান য়ৌহনা,
তোর্ব্বান তিংথৌ মথক্তা,
তুমিন ঙাইহাক ফমলম্মী।

অরূবা ভুরেল ঈশিংনা,
নিংখিবা খোনফম খোক্কুনা,
অতং অথম নাইদনা,
মথাপাংনা চেনথবা,
মুম্না ঙাইহাক য়েংলম্মী।

ভুরেনগী মতৌ উবদা,
মওন মওন থনবদা,
পুকনিং কাইদোং নাইদবা,
মথন লাংগোই চনথরে,
চিন্তাগী ঈথক হৌরকলে।

ত্থুরেম্না চেনবা ঈচেনগা,
নমূ পুনশি খোংচংকা,
প্রকৃতিনা ওনবা শাইওনগা
তাইবংমীগী ফিবমগা,
পাংথকনিদ্দি থল্লুরে।

বসন্ত কৌবা মতমদা,
অনৌবা য়েম্লিং হুনবদা,
লৈনা মখন শাংপদা,
প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বী,
অনৌবা শকক্ষম উংপদো;

মীত্তইবগী মপোক্তা,
মথোং কাব়কপা মতমদা,
মুরা পাথং মথৈদা,
নিংথিবনা তিনবদো,
পাংথকনিদ্দি লৌরুরে।

নোংজুথাগী মত্তমদা,
নোংনা অত্থিয়া কুপ্পুনা,
নোংখোং ফুইনা চুবদা,
অথাক অন্নাউ তাবদা,
অকনবা ফিবম উংপদো.;

পাথং য়াইভোং ফাবগী,
ঈ খেয়কপা হকচাংগী,
কনখৎলকপা মশাদা,
নাপন কাবা মতৌদো,
উৎপনিঙ্গি খল্লিদা।

নিংথম্বা মতম লাকলগা,
উম্না কুংনা ভারগা,
উন্নঃ রানা কেন্দুনা,
উপান রাপান মখৈনা,
শিরুম নারুম তৌবদো;

চহি মতাং য়াম্লহুনা,
হকচাং মরাঙ্গী চাঙ্গদুনা,
পাজন ময়েং তাহুনা,
অহন ওইবা ফিবমবু,
উৎপনিঙ্গি নিংতিজা।

প্রকৃতিগী মওংদি,
নিংথম্বা মতম লেল্লগা,
বসন্ত মতম লাকলগা,
রেঙ্গিং নৌনা হন্দুনা,
মশক অমুক ওল্লিদো।

তাইবংমীগী মীপোক্কি,
চৎশু বদা মতমনা,
ছোৎখ বদা পুনশিনা,
হঞ্জিল্লকপা নাইদনা,
কাপ্নগী ঈপাক্তা তিনথিদো।

চাংজো পকপা ঈহৌম্নু,
ময়াং কংবা তুরেনস্থ,
চেম্থ বদা ঈশিংনা,
হনগৎলকপা লৈতবা,
অতুগদি পাংথকনি।

—————

নুংশিৎ।

নশক উদবা নহাকনা,
ফিবম লেপ্তবা মশানা,
মফম মফম থুদিংদা,
শীনবা থুংনা লৈহুনা,
মালেম পৃথী অসিদা,
জীবগী থম্নাই ওইবিন্নি।

অমাংঙৈগী মতমদা,

লাইগী মশীং চম্মুনা,
ঈম্নাংলম্মী নহাক্কপু;
ম্নাখন খনবা মথৈনা,
খঙ্জিল্লকপা মরমনা,
ভোকনখরে ছুজিক্তা।

লাই নক্তেস্থু হাঙ্গৈসম্মু,
নমিং মথনস্থু থোনসম্মু,
হাঙ্গৈনিং হাঙ্গৈনিংবা হাঙ্গৈসম্মু,
লৌনিং লৌনিংবা লৌসম্মু,
নগুণ করি মাংগনি,
নয়েং করি তাগনি।

মহোশা ফিবম হোংদনা,
চৎপা শাজৎ কাঙ্গৈদনা,
অপন অথিং লৈত্তনা,
ননিংনখা তমদুনা,
শিংকে মাইকৈ শিংলিদো,
ছুমগে মাইকৈ ছুমলিদো।

শোনগে কনগে ননিংনি,
শোনবু শোনলে হাঙ্গৈমগা,
ইবো নৌবা উমীগী,

নৌনা হুনবা য়েঙ্লিংগী,
ইথোং থোংপা ময়োনবু,
লেংবমক্তা ঙমজদে।

কনবু কনগে হাঙৈরগা,
পামেন উজাও ফুক্তুনা,
ফুরা দোলান কিন্থনা,
ঈথং চাংজো হাইপংনা,
পৃথ্বী থক থক নিকহন্না,
লৈনা খোল্লা শিংলিদো।

ইংগে শাগে ননিংন্নি,
ইংবু ইংগে হাঙৈরগা,
উন মহি ওইরকই,
পোমক্রি হাকথং ওইদুনা,
কদি য়াওন্নরিবা,
লাইরবা কয়া নংহল্লি।

শাবু শাগে হাঙৈরগা,
খাম্বী মৈগা পাংথক ওই ;
থেংনরুবা কনানা,
খাংবা ঙমদে নমাংদা ;
থেংনজরোই হাঙৈহুনা,
কোঙৈরোং লোংনৈ জীবনা।

নংগী শাইওন মখনসি,
নত্তিক নগুণ ময়ামসি,
খংবা ওমদে কন্নানা ;
অছুমনদ্রি ওইবদা,
নত্তিক চাউবা মালংবা,
ঐনা খল্লি পুকনিংদা ;
মাগী পথাপ মতুংইন,
ভাইবংপানবা পাল্লিবা,
মুমিৎ থানা থোকলিবা,
অচিক অশা খাঙ্গৈরিবা,
মুংশিৎ কৌবা নহাকম্মু,
মাগী ফৌরোই ইনবনি।

———

## ক্ষিদম।

লিংথিজেদা পামেন উজাও অচৌবা।
কজবা করিগা প্রমাণ তৌসিবা।
মুংশানা কম্না শারবা মতমদা,
অচৌবগী অইংবা মতৌ উৎলিদো।
অচৌবা নিংথৌরেনগা পাবদা,
নংগী করি অমতা থাজেদা,

শংবানবা অত্তিয়ানা থাগম্নি,
থৌরানমিচাক ময়ামনা থাউমৈনি।
মালেম পৃথিবীনা সনাপুকৈ ওইরিদো,
অহাওবা চিঙ্গাক তত্তনা হুল্লিদো,
অষ্টংবা মুংশিংনা থৌগল্লি নংঙোম্দা,
নোংগী ঈশিংনা চাইথরি নশাদা।
কোকিলনা ফম্মাং থৌগন তৌইদো,
চোঙানা য়াকাঈরোনবু শকইদো।

পিঙ্গ পিথক মরমদা মহৈথানবা মত্তমদা,
মীচং মীথাঈ নাঈদেদো।

নহৈ য়ানবা মত্তমদা, লাকপা জীব মথৈদা,
মনিং থুংনা পিজেদো।

চংলক্কনা নথোংদা, নিংথিরবা নরুমদা,
পোথানরি জীবনা।

ইংবা কালদা শাহল্লি, শাবা কালদা ইংহল্লি,
নংগী অচৌবা নগুণনা।

নিংথিবা উয়াং মথক্তা, নশা নরেং মথৈদা,
অকৃংবা উনা মরক্তা;

মুংথিনগীদি কাঈদোংফম, অহিংগীদি য়াইরেকফম,
ওইহল্লিদো চেকলা মথৈদা।

মেকনবা মশীং চন্দুনা, মথুক্তা শীংজং পাজৈদুনা,
নশা ককলবা মুপাদা,

য়েক্নবনি হাঙ্গৈদুনা, অহংবা নক্নম পীদ্না,
পুক্চেন পিকপা উত্তেদো।

কালেনথাগী মতমদা,
মুংশানা কাঙ্গৈনা শাবদা,
অশাবা মুংশিং য়ৈবদা,
ইয়াঙ্গৈ লাঙ্গৈনা থাংঙিদো।

নোংজুথাগী মতমদা,
নোংখোং ফুইনা চুবদা,
অথাক অরাউ তাবদা,
নাচুংলুবা লৈতেদো।

নিংথমথাগী মতমদা,
ইংবনা পম্মোন লোম্বদা,
উন্না ভৌনা তাবদা,
অথাংকনবা উংলিদো।

অশিং অন্নানথা মতমদা,
মুংশিংনা কন্না শিংপদা,
নোংলৈনা লৈনা হুম্বদা,
হাইনা হুমনা থাংঙিদো।

বসন্ত মতম লাকলগা,

ঊনানা নাপুম ফারগা,
নহৈনা চুমনা য়াল্লগা,
নরু ইরুক লুকইদো।

খাংবা কনবা নশাগী,
নরু লুকপা নহাক্কী,
লৌনফমনি চংখোন্না,
তমনফমনি নিংথিনা।



প্রমীলানা লঙ্কা কোন্নুং চংবা।

" করি ইতা বাসন্তি ?
চীংগী লোকচাওন্নুংদগী,
ঈহুন কন্না থোরকপা,
ঈরৈ কনবা ভুরেন্না,
সমুদ্র তমনা চেনবদা,
থিংলগদবা কনানো ?
নখোই ঐখোই অপুন্না,
দানব শাগৈদা পোকপীনি,
রাবণগী মমৌ ঐহাকনি,
মেঘনাদগী মনাইনি,
করি কিফম লৈবগে,

রামগী ভেঙ্গোন অচৌবা ?
ওসি অহিং অসিদা,
লঙ্কা কোম্নুং চংবদা,
থিংলগদবা কনাগী,
মতিক করি লৈবগে ?
নখোই চামা চৎনুসি,
শাপোং লানপোং শেংচিল্লো।"
য়াথং অসি পীরগা,
প্রমীলা কৌবী নিংথিবী,
শামু লমশা শাজংপূ,
ওমজন্নবা খোংথাংনা,
শংগাইজুংদা লেংশিনখি।
মেঘনাদগী কোন্নুংদা,
প্রমীলাগী সংগাইদা,
নিংথিবী মতা মথৈনা,
চংনবা থৌরাং তৌরকলে।
য়েংথাং ওইথাং য়ান্দুনা,
চুঙ্গোই নমদা হুন্দুনা,
ভেন্দোং শেপলপ পোন্থনা,
খুত্তা লিরুং পাঙ্গৈহুনা,
পরেং পরেং লেপথরে,
থাং ভাগী মঙাল্লা.

ইরুং ইরুং লংখরে।
শগোন চামা চিংথোকলে,
নিংথিবা শাপোং হাপকংলে,
খুর্জী চেজেং পায়রুনা,
মবেম্মা থৌগন ঙাইথরে।
প্রমীলা কৌবী নিংথিবী,
লানগী ফিজেং শেংকংলে,
অমুবা শমলাং মথক্তা,
মনিগী লূহুপ উপ্পদি,
অনৌবা নোংগী মথক্তা,
চুমথাং মথোন থানগুম্মী।
নাপ্পা চাইরুং অনিদা,
কুন্দর নাইম্মা নিংথিরে।
খুত্তা লিরুং পাঈশিল্লে,
নমদা তেন্দোং পোশিল্লে,
তেন্দোংগীদিময়াদা,
অমুবা শমজোই তাবদি,
মহু পুবা লিনশিংনা
মহু ভমনা লৈগুম্মী।
খ্বাংদা থাংশাং য়ানশিল্লে,
নাকন্দা ছুরি থেংচিল্লে,
বড়বা কৌবা লাংগোইদা,

শাদোং চেৎনা তোংথৎলে।
থৌগন মত্তা চামস্থু,
লাংগোইথক্তা কাখৎলে।
নিংথিরবী প্রমিলা,
ফজবা কৈদা পাগনি,
মহিষাশুরগী লানফমদা
শুম্ভনিশুম্ভ হাৎঙৈদা,
দুর্গানা ওইবা মতৌগা,
পান্দমগদবা মওাইরে।
লানগী শাজন লোইবদা,
যাত্রা পুংফম ভাইবদা,
ইংলিঙৈদা লৈগুম্বী,
শাউরকপদা মৈগুম্বী,
প্রমীলা কৌবী সতীনা,
মত্তা চামা য়েংদুনা,
অহকপা য়াথংনা হাঙ্গিরকই ;—
" তারো তারো ইতাশা !
ওসি অহিং অসিদা,
য়েক্কবা ত্তিংথং য়ানথৎকে,
অচৎ লম্বী শেংদোকে,
লঙ্কা কোমুং য়ৌগেদি,
রাশকলিদো ঐহাকনা।

ঙুপী ওইবী ঐখোইগী,
পাঙ্গন করি য়াৎকনি,
ঙুপানা কৈদা হেনগনি?
চৎসি চৎসি ইতাশা।
য়েংঙ্সিদো ঙসিদি,
কয়া মতিক কনবনো,
রামগী তেঙ্গোন হায়বদো।
লানবু থেংনবা খোকলগা,
হিংচাবা শাগৈ মঙুংদা,
শাগৈ ময়েতান অশিবা,
মীথোং নোইবা বিভীষণ,
রাম লক্ষ্মণগা লোঙ্গননা,
পুনদুনা পুরকসি ঐখোইনা।
তুংশিংকী মমাং থাহনা,
চৎলু চৎসি ইতাশা।
য়াহৈ অসি হায়রগা,
লানগী যাত্রা তৌখরে।
লম্বী কোঙ্গাই চৎলগা,
নোংচুপ থোংদা থুংখরে।
মোইবুং খোনবাং খোংগৎলে।
লীরী তোইনা খিংলকলে।
লানবু কন্না শীংলকলে।

থোং পুবা হনুমান,
চোংথোরক্লে মপান্দা।
নুপী ময়াম উবদা,
রাহে থীনা হায়রকই :—
"নতাং চাওবা হিংচাবা,
নুপী ফিজেং লৌদুনা,
নথরাই য়োনবা লাকপরা ?
রাবণ কৌবা নিংথৌনা,
মিংদা তাবদা নিকলিবা,
হনুমান লৈ থংদরা ?
মনাও ইবুঙো লক্ষ্মণ,
অহিং চেপ্তে থংদরা ?
হিংচা য়াইতম নথোইগী,
চিত্রগুপ্ত ওইরিবা,
বিভীষণ লৈরি খন্দরা ?
মুরা খংভি ঐহাকনা,
নতাং চাউই হিংচাবা।
নুপী মওং মাংহনগে,
নহৌশা নশক চুমহনগে,
নথরাই নথরাই লৌহনা,
যম য়ৌনা থাবিগে।
হনুমান মরা তাবদা,
নৃমুণ্ডমালিনী কৌবীনা,
থীনা হাঈনা রাহেনা,
চপচানা খুমলকই :—
"বনগী শাদি অত্তোনবা,

মুম্না ভাজৌ অপংবা,
অরি লৈতবা নঙোম্না,
খুৎলাই থোকপদি থোকনিংঙে।
নথম্লাই পুহ্না চেঙ্খো,
নবুঙো রামদা তমজক,
মনাও লক্ষ্মণদা হাঙ্গজক;
বিভীষণদা তাকচরু;
পাঙনবদা নোংশাগুম,
মঙ্গিচৎলবা ইন্দ্রজিৎ,
চায়থোইবী মহাকী,
প্রমীলা কৌবী ইবেম্মা,
লঙ্কা কোনুং তমলকই।
লমথাগে থাদোকলো,
থিংগে নিংলে থিংঙরো"
নৃমুণ্ডমালিনী কৌবীনা,
হাঙ্গরকপা রাহে তাবদা,
অঙনাগীদি মচানা,
অমুক হয়না হাঙ্গরকই:—
"সমুদ্র কৈগাক থিংহ্না,
অপার তেঙ্গোন পুহ্না,
লেংলকইবা ইবুঙোসে,
রাবণবুদা শীংবনি।
মুপী ওইবী নখোইদা,
য়েকনবা লমচৎ চৎলোইদা।"
হনুমান মরা তাবদা,
প্রমীলা কৌবী সতীনা,

নিংথিবা রাহৈনা খুমলকই :—
'ইপুরোইবগা য়েকনৈ হাঙ্গিহুনা,
লান তৌগে নিংঙৈদা।
মরোন অহুম গুমজবা,
ইপুরোইবনি ঐঙাকী ;
মাগী মতেং পাংলুকম,
করি লৈতে ঐখোইগী।
হাঙ্গিনিংবা রারম অপুম্বা,
হাঙ্গজগনি ইতানা ;
হুতী অসি পুহুনা,
চংবিরুদা অকনবা,
নবুঙো রামগী মনাক্তা।"
হনুগা লোঙ্গননা দূতীদো,
রামগী নাক্তা থুংখরে।
নিংথিনা ভক্তি কৎতূনা,
মখুৎ জোড় তৌহুনা,
খুকউ খুদক লৈতানা,
রামগী চরণদা হঙ্গৎলি :—
"নৃমুণ্ড মালিনী ঐহাকনি,
প্রমিলাগী মতানি ;
হংগৎচবা রাক্ষসদি,
প্রমীলা কৌবী ইবেম্মা,
কোমং তাম্না লেংঙকই।
লম থাগে থাবিয়ু,
থারোঙ্গদবা লৈরুগা,
লানকম তাম্না থোকপিম্মু,

মুপী য়ানি খন্দুনা,
উশিত্তবস্থ তৌবিদু ;
নিংথিরবী নোংথাঙ্দো,
মতৌ কয়াদা নৌবনো!
থেংনরবদা মাহাক্কা,
হিংবা জীব কনানো ?
চুতী মপাউ তাবদা,
য়ামনা তপনা হাঙ্গিরকই :—
"তাবরা দুখী অথোইবী।
মুপী ওইবী নখোইগী,
নয়ান' করি লৈতুনা,
য়েকনবা লমচৎ চৎকনি।
চৎনিংবা মাইকৈ চৎপদা,
য়ৌনিংবা লমদম য়ৌবদা,
ঐগী তেঙ্গোন কনানা,
বাধা তৌরোই নখোইবু,
ঐগী ইচাগা লোঙ্গিননা,
চৎলু চৎলু দুতীও।"
য়াহে অসি হাঙ্গিরগা,
হনুমান য়েংনা হাঙ্গিরকই :—
"তারিবয়া ধবলী!
থোং নিংথিনা থাদোকউ,
নংনা ইরেন থিন্দোকউ।"

লোইরে।